# ককচিং হরাওবা

অইবা :— পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ

অইবা :— [illegible]পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ।

অফোঙবা :— শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

ব্লোক য়েকপা :— শ্রীনাওরেম মনাও সিংহ।

ব্লোক পুথোকপা :— শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

মখুম নম্বা :— ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

ফোঙবা :— ইং ১৯৭৬।

কোপী মশীং :— ১০০০।

মপু ওইবা :— অফোঙবা।

**Price : Rs. 20/-**

মমল :— লুপা

নম্ফম :— এম, গৌরো সিংহ প্রিন্টিং ৱার্কস, ককচিং বাজার,
পিঃ ওঃ ককচিং বাজার, [মণিপুর]

কোবৌ গোংনা থাংবরা
পাঙ্গৌ ইপানা মথাংই—
মালেম লৈমনা লুখরা
পালেম ইমানা মাহেল্মি
পালেম পাঙ্গৌ সুপ্সদি
পোক্লেন পোকপগী মফমদা
কংথোকচৈ নগু শ্রীগী
'ককচিং হরাওবা' লাইরোনসি।

নশু—

তাং ১৫।২।৭৬ ইং

পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ

# য়াওফম তাকপা

# অহোঙবগী ৱাহৌল

'কবচিং হরাওবা' হায়বা লাইরিক অসি খয়াংবগী মরমদা কুপ্না থিজিন্নীংবা মীওই পুম্নমক্কী দমক্তি লময়ানবা লাইরিক ওইরগনি নীংই। পিক্লবা লাইরিক অসিনা খয়াংবা হরাওবগী তোপ তোপপা শক্তম অদু অরোং-অহোং নাইনা শোংনা উৎলি। তশেংনা "কবচিং হরাওবা" হায়বা বিষয় অসিমক্তা য়াম্না চাউনা থিজিনফম অমদি লৈবমগনি হায়বসি থাজৈ। অইবনা উৎলিবা ৱাফম পুম্নমক নৈননিঙাই ওইরবস্থ অহোঙবান লাইরিক অসি পণ্ডিত সমাজগী মাঙদা ফোংদোকচনাংলুবদি মরু ওইনা মতাং অনীদনি। অহানবা মতাংনা শোরারেন্না কাচেং থাং পীরকই অমসুং লাইয়ামগী হরাওরোন তম্বীরকই হায়বা মতাং অসিনি। অনীশুবনা লাইরোইদা শারিবা ঙাপ্রুম (অঙোব) তানবা নম্রগা পরম মথো লোম্বা হায়বা মতাং অসিনি।

ককচিং মিং থোনখিবগী মতাংদা ৱারী য়াম্না মথং মথং থোরকই, লানরকই। নিংথৌপোল লম্বুবন চংবদা শারা লাইহৎ থৌবগী থাংলেন মখুৎশুনা তুবী লাইরেন কোকনি লোংববু মকোক অমা ককই হায়দুনা কবচিং বৌই হায়না ইরি। মসিগী মথক্তা ৱারী অতৈস্থ য়াম্না লৈরি।

পুথোক্লরক্লিবা ৱারী কয়াগী মমুংদা হন্দক পণ্ডিত ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈনা পুথোরকপা "লৈফূরেল চমু লৈকক লৈয়ারেল পুয়া" হায়বদুদা গুরুগী কোকলেন চিরেনবু চিংনদনা ককই হায়দুনা গুরুনা ককচিং হায়না মিংথোনখি হায়না ইরি। ৱারী অসি ঙসি ফাওবা লৈনরিবা ৱারীশিংদগী থোইদোক্লা অৱাংবা অর্থ লৈবা ৱারী অমদি ওইগনি নীংই। ৱারী অসিদা ককচিং হাযনা লাংওন শাম্লরকপদগী লাংওন তরেৎ মথং মথং পীরি। মদুগী মমুংদা খ্বাইদগী অরোইবা লাংওন অথম্বদুবু খম্লাংবা "তাইবং লাই খুন্দোক অরিবা" হায়না শায়োন তৌরি। ককচিং হৌবা মপুং ফানা শাগৎপদা হায়রিবা পুয়া অসিনা য়াম্না মতেং পাংগনি নীংই। মরমদি লাইগী লাংওনগী মতুংদা লাইনা হরাওবা অদুবু তাইবং মীওইবনা মৈনা ৱাইনা শমথরক-পগী হরাওরোল খরম্ব পুয়াদুদা য়াওরি।

পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈনা ইবা ইং ১৯৭১ দা ফোঙবা ককচিংনা খম্লাংবা অমম্বং ককচিংগী মরমদা মতাং খর খরদং উৎপ্রে। হন্দক্কী অসিনা হরাওরোন্দা ঙাক্ত চঙশিল্লি। মরী লৈনবা ৱারী খরা ঈঙ্গিত তৌবগা লোয়ননা হরাওবগী হিরমদা নীংথিনা নৈনবনা লাইবিক অসিগী কাম্নবদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী লৌবুক্তা ঙমখৈ লৈররোই হায়নীংই। লাইরিক অসিবু ফোঙ-হনবীবগীদমক অপেনবা ফোঙদোকচরি। অনীশুবা শরুক ওইনা চৎথরকপা হরাওবগী থৌরম পরেং নৈনবা লাইরিক

অমস্থু অইবগী খুত্তা লৈরে। পম্বুদনা রাখল লৈবশিংগী মকমদা লাইরিক অসিমস্থু লাম্থোকচগনি।

লাইরিক অসিগী মন্নুংদা ককচিং হরাওবগী তোপ তোপপা খরা নৈনরিবা অসি য়াম্না কুপ্না থিজিন্দুনা য়াম্না পাক চাউনা নৈনফম থোকই। থৌরম পরেং অদুগী মন্নুংদা থৌরম পাঙথোকপগী খেন্নবদুনা হেন্না অমুক চেকশিনফম থোকই। মরমদি মতাং অসিদনি মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবনা য়াম্না চেকশিনগদবদি। থৌরম পাঙথোকপসি ফজনা চৎথরবতদা ককচিং হরাওবগী তোপ তোপপা, ফজবা, নীংথিজবা গুণ অদু ঙাক্কুনা থম্বা ঙমগদৌরিবনি।

লাইরিক অসি ফোঙননবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালনা লুপা ৩০০ (চহুম) গী মতেং পাঙবীরকপ-গীদমক শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

অফোঙবা—

তাং ১৪ | ১১ | ৭৫ ইং, শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুপ্রম্বম

# লাই হরাওবা

মৈতৈনা লাই হরাওববু খাবা লৈরেনখৈনা হৌদোক্লম্বদগী ঙসি ফাওবদা অরেপপা লৈতনা চৎথরক্লি। অসিগুম্বা লাই হরাওবা হায়বসি তাইবং মপুনা লৈশেম নোংশেম্ববু লাইয়াম্না খুৎনা থেক্তুনা, হকচাংনা নোয়দুনা হাই তুম্না উৎপা, জগোয় শাদুনা উৎপা, চীম্না শক শোন্দুনা শৈথাববু খঙনৈ। জাতিগী অমত্তা ঙাইরবা লুরবা হরাওবসি হয়রি হয়া চকৈঙদগী মৈনা ৱাইনা তাংনা শম্না শাম্নরকলি হায়না শৈশকই; হায়রবদি লাইয়াম্না নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ শোরারেল ওইনা হাপ্তুনা লৈ লাংলগা শাম্নখিবা অদু মতৌ তম্বনি হায়না লৌনৈ।

অসিগুম্বা লাই হরাওবসিদা তাইবং মপুনা লৈশেমলকপদগীনা তাইবং জীবশিং শেমদুনা মীপোক লম্বীদা চাদা নাউদা শমথরকপা ফাওবা নীংথিনা উৎলি।

ব্রাকোন লাউবা হায়বা লাই হরাওবগী মতাং অসিনা মীওইবগী মপোক অসিমক্তি লাইনীং চেৎপা কনাগুম্বনা পূরক্নীং লৌশিংবু মপুঙ ফানা লার্কশিন্দুনা তাইবং মপু মাবু ফংননবগীদমক হোৎনগদবনি হায়বদু উৎলি। মীওইবনা জীব পূম্নমক্কী মথক্তা লৈঙমলিবসিমকস্ সরীংবু ফাদুনা থম্বা ঙম্বসিননি হায়বা উৎলি। অসিগীস্থ মথক্তা মপুনা শেম্বা তাইবংদি লোম্বা নাইরোই হেন্না হেন্না মমৈ পুংফাকনি হায়বসি ব্রাকোন লাউবগী অর্থনা তাকই।

লাই হরাওবগী মমুংদা পাউশা ঈশৈশ হায়বা অসিমক য়াম্না মরূ ওইবা মতাংনি। পাউশা ঈশৈশিং অসিনা লাই হরাওবগী শাগলবা ইতিহাসক মমুংদ মনংগী ঈথিন্না হেক হেক য়েখায়বা পীরবদস্থ চাক্তনা থম্নকলিবা অরা অনাগী য়াওন কয়া য়াওরি।

ঈকৌবা হায়বা মতাং অসিনা মৈতৈগী ইপা ইপুগী অরাংবা রাখল অদু নীংথিনা উৎলি। তাইবং পানবদা চুমিৎথা থরানমিচাক করিস্থ লৈত্রিঙৈদা মপুনা শুন তরংদা লৈরম্মী। মথং মথং শায়োন তৌরকপনা ঈশিং তরং য়োরকলে।

ঈশিং তরংদগী মালেম পৃথিবী অসি ওইরকখি। অমুম্না মালেম পৃথিবী অসি শেম্নমদাইদা তাইবং মপুনা ঈশিং তরংদা থ্গুনা লৈ হায়না খন্নে। মরম অসিনা তরং ঈশিংদগী মপু মাবু ঈকৌখৎপনি। তাইবং অসি শেমদ্রিঙৈদা গুরু মতোমত্তা লৈরম্মী হায়বা অচু ঈকৌবদা খয়োমদা য়েরুম হাপপসিনা খঙহল্লি। য়েরুমদা সনা লুপা কোনয়াই থাবনা গুরুগী মশাদা পলেম পস্থৌ অনী পূন্না লৈববু খঙহল্লি। লাংথৈ মতোন অহুম্মা গুরুগী মশাদা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা লৈতাকপা অহুম্মক লৈববু খঙহল্লি। চেঙ য়াওবনা গুরুনা লৈবা মফমদা মশীং থীঙমবদা পৃথিবীগুম্বা খৃৎশেম কয়া য়োমজুনা লৈববু তাকই। লায়োন অহুম য়োম্বনা গুরুনা ওইরিবা, কৌগ্রবা, ওইরক্কদবা মতম অহুম্বু তাকই। পয়ানা পুনবনা গুরুনা তাইবং পূম্ববু মপাঙ্গম্না অমত্তা ওইনা পুন্দুনা ফাজিনববু খঙনৈ।

ঈহাইফূনা তাইবং মপুনা শেম্বা তাইবং ঈশিং মতুম তায় হায়না খঙহল্লি।

অস্তুমনা মপুনা তরংদা লৈবদগীনা মানা শেম্বা তাইবংগী শক্তম উৎপা, অচুদগী লৈহুন্না গুরুদগী লাইবুংথৌ ৯ লৈমরেনদগী লাইনুরা ৭ পুথোকপনচিংবা উৎলি। মথং মথং জগোয় অমম্লুং ঈশৈনা মীপোক মীহিং, খুনবান লৈপান শুনা উৎলি।

লাইনিংথৌ, লাইরেম্মা, লাইবুংথৌ মাপল অমস্তুং লাই মুরা তরেৎমক্কী শক্তম্বু লৈহুম্মা তমই। অদুগুম্বা লৈহুনশিং অদুবু ঈকৌরগা লাইগী থবায় হাপই অমস্তুং লাইনা কুমথবী-রক্লবা তুংদা ফমদেংলগা লাইনিংথৌ, লাইবেম্মা অমদি লাইয়াম য়াওনা মপুগী মাঙদা শান্নবুংদা লাই হরাওই।

পুম্নমক অসিগী হৌরমদাইদা মাইবনা হোই শকোক লাউই, মপু মহাকপু নীংনা শোন্নবগী অথূপপা শৈশক পুমনমক শৈথারি। মথংদা মাইবীনা লাইবৌলা থাগনি। অমস্তুং মতাং অসিনা মীৎনা উবা লাই ওইনা তাইবং মপু মাগী শক্তম লাংবনি।

লাইবৌলা থারবা তুংদা মাইবী অমস্তুং পেনা খোংবনা মাঙ থাদুনা লাইমাঙদা ওনশিন্দুনা ঈকৌবদা য়াওখিবা থৌগল লাঙ্গল লাই পুবনচিংবা শুনা ওই-য়েৎ পরেং অনীদা লেপ্তুনা লৈগনি। মতাং অসিদা নোংদোন অতিয়াদগী মথং মথং শেয়্নকপনা লৈশেম্ববু অমুক শান্নবা হোগনি।

পেনা খোংবা অমস্তুং মাইবনা থৌরাং পুম্বা লোইরবা তুংদা লাইচিং লাইহৌগনি অদুগা লৈপেক জগোয় অমস্তুং লাইহৌ জগোয় শাগনি অমস্তুং লাই খুকমগনি। লাইহৌ জগোয় লোইদুনা মাইবীনা লাই খুকল্লবা তুংদা মহাক্না খ্বাইগী মাঙ থাদুনা ওইয়েৎ কায়দনা চৎতুনা লাইবৌ লাদু ওইওইননা অহুন্নক কোয়রগা লাইমাঙ মপা য়ৌবদা পুম্নমক লেপকনি।

মসিদগী লাইবৌ জগোয় হোরে। মালেম লৈমনা মুমিৎপু কোয়বা উৎপনি। মসিনা মঙাং, লুরাং, খুমন কৌবা মতমগী মশকনি তাকই অমসুং তাইবং পানবদি পোকপা, হিংবা, শিবা কৌবা হুমনিগী তাইবংগী মশক্নি, মাগী কুম্মৈনি হায়বদু উত্তুনা শায়বনি। মালেম্ লৈমনা মুমিৎকী অকোয়বদা কোয়বদুবু, মরম অসিনা লাইবৌ জগোয় হায়না খঙনবনি।

লাইবৌ জগোয় হৌরম্দাইদা লাবৌলাবু অহুম্রক হন্না কোয়রগা লাইমাঙদা তুমিন চপ লেপ্তুনা লাইবৌ হৌনবগীদমক পেনাহঞ্জবনা হোইরৌ হোয়া লাউগনি। মতাং অসিদা থৌগল চঙলিবা কনা অমত্তসু লেঙবা য়াদে। মাইবীনা খয়োম জগোয়গী মওংদা লৈগনি। পেনা খোংবনা হয়িখৈঙদা নোয়র্বদি মৈনা রাইনা নোয়য়ে, হে তাংনা শমখৈগী নোয়য়ে হায়না হেক হৌবদগী হকচাং লেঙবা হৌগনি অমসুং পেনানা অনোয়রোল শক্নি, মাইবীনা হকচাং শাগনি, মীয়াম্না খুৎথেক জগোয় শাগনি। অসুম্না হকচাং শাবা, থরাই হাপপা ফাওবগী খুৎথেক ৬৪ হায়বদি মালেম লৈমনা মশা অমুক লৈবদা পুং ৬৪ (য়ুথক ৮) হায়বদি নোংমা চঙবগা নারা অমা মিতম্বগা চপ মাম্নে হায়না তাকপা মতাং অদু লোইরে।

মসিগী তুংদা পাগী কয়াৎমুংদা প.গী মহৈ ওইনা লোইদাম থাবুম অনী, পলেমগী পীবুকমুংদা লোইদাম থাবুম তরা হায়বদি পুম্না মুমিৎ ৩৬৫ নাউপুদুনা নারা শারেপ ফারকপবু উৎপা

ফাওবগী থূৎথেক ৩৬৫ শুনা শাদুনা লাইবৌ থূৎথেক ৩৬৫ নোয়রগা লোইশিল্লি ।

মতাং অসিদা উৎলিবদি য়োইময়াই তাউদনবা নুমিৎ কৌবা লাইবু অমুক কোয়বদা মালেম নৈমনা নুমিৎ ৩৬৫ নি চঙবগা নান্না অমা শারেপ ফাবগা চপ মান্নে হায়বা উৎপনি। মসিগী তুংদা অঙাং নান্নানা তাইবং লমজাও ফাওরকপদগীনা পী-পাগী শারেপ ফাবা ফাওবা শারগা মদুগী তুংদা য়ুমশাবা লোইদুনা শঙ কৎকনি। অদুদগী মাইবীনা থূরকলৈ থারগনি। (লাইবৌলাদা থূরকলৈশিং অদু হাপলগনি) ।

থৌরম অসিগী মতুংদা মপুনা শেম্বা তাইবংদি পা পা অনীনা পাচুনবনি উৎপা মতাংদা থঞ্জাও লৈজাওনবনি শান্নবা, য়া য়া লাউবা অমম্ভং পান্থোইবী জগোয় শান্নে। মথ দা মীওইবনা লৈকু লৈরাইদা লৈদুনা উহৈ রাহৈ চাবম্বদগী চাওখৎ-পগী মতুংইন্না য়ুম শাদুনা লৈবদগী মশাবুম্থ অইং অশাদগী কঞ্জনবা লশিং থাবা, লশিংদগী ফি শাবা অমম্ভং লাইদা ফি কৎপগী মতাং পূন্নমক জগোয় থূৎথেক্লা উংলে। অম্বম্না চৎথরিবা থৌরম পুন্নমক পেনা খোংবনা ঈশৈ ওইনা মথং মনাও কায়দনা জগোয় থূংথেক তুংইন্না খোংগনি, মতাং অসিমক্তা মীয়াম্বা রাকোল লাউদুনা পূক্নীংগী অচেৎপা লাইনীংদা লুপ্পনবা হোৎনগনি অদুগা পাউশা ঈশৈ কয়ানা হৌগ্রবা মতমগী অরা-দুংঙাই মতমগী চৈথেং পুম্বা শৈথাদুনা শক্কনি, মীয়াম্বা জগোয় শাগনি ।

মথং থৌরমদা লোংখোনবা হায়বদু পাঙথোকই। মসিনা কণ্ড হৌদি তিনমু লাইমু পুন্নমক হোয়দোকপ্রগা অক-মুংঙাইববু 'মিগ থানা তরুকমক লাইকোম্নুংদা হোইজিনববু শান্নগনি, মসিদা লাইবৌগী থবক লোইরে। মীয়াম্বা মতাং অসিদা মাগী মাগী হৈজবা জগোয় কৎকনি।

জগোয় কৎপা লোইরগা চোংখোঙ নোয়গনি। চোংখোঙ নোয়বদা উৎলিবদি পী, পা, লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী শক্তম ওইরিবা ঈকোফ, অদু মাইবীনা লৱাই কোইরেলথক্তা পুদুনা, চোংখোঙ মরি হায়বদি খোয়দৌ পাফলগী কাংখোঙ চুক মরিদগী তাইবং চাদা নাউদাখিবনি, তাইবংবু মাগী চুক মরিনা লেঙদনা ফাদুনা থম্বনি হায়বদু উৎলি।

চোংখোঙ পাফল মথক্তা ফীবুল অমনা মাইবী অনীনা হঙ্গৎহন্দা অওক অথোং শান্নবনা ফীবুন্দুনা খোয়দৌ থম্বালগী নৈহি ওইরিবা ফম্বীবু খঙহল্লি; মাইবী মাইবা অনীনা পী পাবু খঙনহল্লি।

চোংখোঙ নোয়বসি হেক লোইবদা মাইবী অমসুং পেনাগী থবক লোইরে, হায়বদি মপুগী লাংওন নমু তাইবংগী চাদা নাওদরে, লোম্বা নাইদবা মীপোক লম্বী হোরে হায়না খঙনবা লাইরেন মথেক হোপ্রে।

লাইরেন মথেক্কী মতমদা লাইবোদা য়াওবা পুন্নমক লাই-রেম্মগী কাঙবুনা লাইনিংথৌগী মমাঙ মমাঙদা মপা মপা চঙ-

শিন্দুনা পরেং অমত্তা ওইনা লেংডুনা লেপকনি। খ্বাইগী মাঙদা মাইবনা চিংডুনা চৎকনি। মতাং অসিনা মপুগী লাংওনবু পী পা নাইনা শনথরকপবু উৎপনি।

লাইরেন মথেক শান্নবা মতমদা তৎহৈ কায়হৈদে। মরমদি চীংঙু মাগী তাইবং কুম্মৈদি অতৎ অখম লৈতবা লোম্বা নাইদবা কুম্মৈনি হায়বা অদু উৎপনিনা মরক্তা তৎপা কায়বা অমত্তা য়াদে। অসিগুম্বা মপু মাগী লাংওন কুম্মৈগী লাংওন শক্তমনা তম্ফা ঈরিক (ফম্বী) নি অদুগা লাংওনক্মনা পী পা অনীগী তাইবং কুম্মৈনি হায়বদু তশেংনা উৎলি।

অরোইবদা (লাইরোই সুমিৎ) মপুনা শেম্বা তাইবং মীওই-বনা খুল্লাও লৈচাও চদানাওদাডুনা সুংঙাই য়াইফ মরাং কায়ববু পীনবীনবা, মপুনা শেম্বীবা মালেম লৈমনি; মালেম ইমাগী সেবানা (লৌউশিংউবনা) খ্বাইদগী অথোইবনি থল্লা মহৈ মরোং চমহনবীডুনা তাইবং পুনশি সুংঙাইবা পীনবীনবা থৌনিজবদু শান্নে। মসিনা লাইরোই সুমিৎকী অথোইবা থৌরমনি।

থৌরম পরেংগী মথক্তা লাইরোই সুমিত্তা চৎথরিবা অচৌবা থৌরম অমদি সুমিৎ কয়ানি চৎথরকলিবা হরাওবা অডুদা অশোয় অঙাম অরাং অপা কয়া য়াওখিবা পুন্নমক মাইবীনা কোৎচিল মেশিনগনি। অদুগা ঙাগ্রুম (অঙৌবা) তানবা হায়বা

থৌরম অমা উৎলি। মপুগী তাইবং লীলাদা পোৎলম তরেৎ-তরেৎনা খুজিং ওইদুনা শাগৎপা অদু উত্তূনা মপুনা পোৎলম ৭ (তরেৎ) পীনরকপদু উৎলি।

মপুগী লাংওন ওইবা অতিয়া গুরুশিদবা, কোঞ্জিল তুথোকপা অপানবা অমস্তুং অশীবা মহারাবা অহুমগী লাংওন জগোয় উৎলি। মপুগী পাকল শরুম লৌদুনা মরাক তাইবা ফিবুমবু তিংথোকই। মরাক তাইবনা পল্লেম পস্থৌ শুপ্লবু থঙনৈ। পলেম পস্থৌ শক্তম লৌদুনা মাইবা মাইবী অনীনা মরাক তাইবা ফিবুম অদু পায়গনি। মথোয়না মপুগী খুদোল (তরেৎ) ৭ কী শক্তম লৌরিবা খুবোম অমরোম শাংবা চৈ তরেৎপু ফংজবদা য়াম্না হরাও মুংশিনা লৌশিনগনি। অস্তুম্না মপু মাগী মতিক থাই।

.থৌরম পূম্নমক লোইরবদা মিকোন থাগোনগনি অমস্তুং লাই তেশিন্দুনা লাই হরাওবগী থৌরম লোইশিনগনি।

মথং স্নমিত্তা লমজেন মুক্তা কৎকনি। মসিগী ভাবতি মপুগী থৌজাল ফংলবা মীওইবনা চাদা নাউদা তাদুনা নাদ·য়েক্তনা হকচাং ফনা মুংঙাইনা পানবা তান্নবা অমস্তুং তিনজং কাইজংদববু উৎনবনি। অস্তুম্না পাঙ্গল কন্না ময়েং তাদনা হিংবদা য়ুম্নাইলোন চঙবগী মম্নুংগী ভাবস্তু নীংথিনা উৎলি। রাখল অসি চেৎনা থাজনবা মরম্না য়ুম্বালোন্দ চেকশিনবা হেল্লি হায়না চাউথোক্ত-দুনা নিঙোম্না হেল্লি, পিবানা হেল্লি হায়না অহেনবা, অথোইবা কাঙবুবু থাগৎনৈ।

মতৌ অস্সুম্না উৎলিবা হরাওবসিনা খুৎথেক হরাওবা হায়না কৌই। মসি লাইবুং ৭ (তরেৎ) তা (হায়বদি সেকমাই নিংথৌ অমসুং ঈথক নিংথৌ য়াওদনা) চপ মান্ননা হরাওই। সেকমাই নিংথৌনা মসিগী মথক্তা হিবোন হবাওবা হাপচিল্লি; অদুগা ঈথক নিংথৌ হরাওবনা কাংজৈরোল হরাওবা হাপচিল্লি।

# খম্মাংবা হরাওবগী
# ফিরেপ লৌখিবা

পাম্থোইবী খোঙ্গুন্দা পীরিবা খাবা শোকচৌনবগী মচা তরমখোইনুচানা পাম্থোইবী লুহোংবা অমসুং মমৈদা মমৌবু লাইনি হায়বা খঙলক্ত্ুনা খাবা শাগৈনা লাৎপা হৌখিবা অসিদি মোংদা লাইরেন প্রাখংবনা কংলা ফম্বাল তোংদ্রিঙৈদনি। অদুনদি লাই হরাওবগী নীংথিজরবা থৌরম অসিদি য়াম্না ঙল্লে। অদুদগী মথং মথং ঔগ্রী (মদুস্তু হান্নদগী লৈরক্লবা) অমুক খৃঃ শতাব্দী তরেৎশুবদা নাউথিংখোংদা। লুরাংগুরু পুনশিবনা তম্বীবগী রারী অসিনা অমুক লাই হরাওবদা হেন্না মপূং ফাহনবগী রাখল ফোংদোকই। মসিগী মমাংদা খৃঃ শতাব্দী তরুকশুবদা হোঙনেময়োয় খুঞ্জাওদা লুরাংগুরু পুনশিবনা খেঞ্চো তম্বীখিবগী রারী লৈরি। মতাং অসিমক্তস্তু লাই হরাওবদা খরদি মতেং পাংশিল্লমগনি খল্লি মতৌ অম্সুম তৌনা লাইহরাওববু খাবা শলাইনা হোদোকপদগী লুরাংগুরুনা মথং মথং নীংথিনা নিয়ম কয়া হাপচিল্লমগনি নীংই।

পূম্নমক অসিগী মথক্তা ককচিং হরাওবগী তোপতোপপা ফিরেপ লৌখিবসিনা অমুক গতম ইকান কান্নদনা খৃঃ শতাব্দী তরেৎশুবা অমসুং নিপানশুবা অতুব্রাইদা ওইগনি হায়বসি ঐখোয়না থাঙয়িখোংচারোংবগী পান্নী পুন্নী পান্নগা খঙই।

খমলাংবা পুব্বারী কৌবা পুয়া অতুদা শোরারেল খঙয়ো-লরেনবনা মশুন্নুপা থাঙয়ি তাউপুঙখোংতৌববু শোরারেন্দা কৌতুনা তাইবং মীরমলেন্দা করমনা লাই হরাওবগে হংই। মতাং অতুদা থাঙয়ি তাউপুঙ খোঙতৌবনা খাবা লৈরেনখৈগী শাগৈনা হরাওবগী মতুংইন্না পাঙথোকই হায়না খুমজৈ। পাউখুম অতু তারগা শোরারেন্না মাগী লাইরৈবাক্কী লাই হরাওবতু য়েংজখো অতুগা মতুগী মতুং ইন্না মতৌ তমতুনা হরাওরবদি তাইবং মুংঙাই য়াইফগনি, য়ুমলেপ চান্না চাউনা শনথগনি তাকপীরকপা মতাংদা অসুমনা হায়রি — "পোইরৈ শালথোং কুই লেমথোং মাফৈ পাকনাপাপু কোরৌ নোংমতোলকি চীঙঙু য়িকুমসা পুন্নুং হাঙ হাই হি কৈ কুমসাপা থেৎ থৈচারি খম পুন্নুং ফিরেল মঙাল নাই য়াঙলা সিঙরোল থোপু থৌপৌ পোগমাই রোইখল তেংলৈ রোলকং মাইরোইনা সারিক নিঙথাং ফাম লিকথা মোইকাই তোপ হাই হাঙ কংতং য়ৈনা কুমসাপা রাকয়ৈ লুনাইতা তোংচেং মৈনাইতা হিরেল কাইসা তালপা অসিপু মিৎয়েং সালখিও।"

অসুমনা শোরারেন্না মশুবু হায়রবদা লাই হরাওবা য়েংহন্নগা তাইবং মীরমলেন্দা অমুক হন্নমদাইদা শোরারেন্না মাগী লাংওন

খুদম ওইবা কাচেং থাংবু পুজখো অদুগা লাংলু হায়বীখি। কাচেং থাং অশেংবত্নমক লাংহৈতে অদুনা মদাইরেম ব্রাইরি য়োংশুং পানবতি কোনতে খুংচুম মাই সিনাই তোংনৌ য়োং পেক্তুনা মমি তমন। কাচেং থাং শাওঃ হায়না থৌশীবিরকই। মতাং তদুদা অস্থমনা খল্লাংবা পুব্রারীদা ইরি—" থাঙলেল য়িখুংস্ত য়াইরোইপা অসিতি কাচেং পূমনা পিফারোইএ। পোইরৈ নপল লমতা চেংলৌ মিংকুপ মরম ব্রাইনাকও; থাঙলেল মাসক তম কাচেং মারোঙ লাকনা থাঙসা তমলাপাকা তলন। থিঙলৌ নিঙতেনা হলব্রাইরকও। হায়না ব্রাহমলাপাকা মানোংয়াই থাঙয়িপাতি কংতা য়াওপি য়োইনৌ কোল লমতা পোইরৈ রোলতেরক ব্রাঙম হলব্রাইরকলে।"

অস্থমনা ককচিং হবাওবদা চংথরিবা হিরম পরেংদা ময়ামগা মান্নবা অদুগা নাংথিবা, চঙোনবা অর্থনা তিনবা, থৌরম কয়া য়াওরিবা অসিদি মৈতৈগী হবাওরোল পুম্বা খঙলবা তুংদা, শোরারেম্না থাঙয়ি তাওপুঙ খোংতৌপাদা তাকথিবা শোরারেনগী লাই হরাওবগী মওং অদু তিনশিনখিবনি হায়বা মশানা লৌফম থোক্লবনি।

# ককচিং হরাওবগী থৌরম পরেং

মথক্তা লাই হরাওবগী মরমদা নৈনখ্রিবা মপুং ওইবা থৌরম অমসুং মতুগী মনুংগী অর্থগী চাওরাকপা শরূক অসিনা মণিপুরী জাতিগী লাই হরাওবগী অপূনবা ভাব অদুনি। অসিগুম্বা ভাবশিং অসি লাইবুংদা হরাওবদা পাঙথোকপা মতমদা চৎথরকপা থৌরম পরেংদদি মথং মনাওদা খেন্নবা খর অমসুং পাঙথোকপগী মওংদা মান্নদবা খর লৈ। মতাং অসিদদি ককচিং হরাওবগী তোপ তোপ্পচু খঙনবগীদমক মাগী থৌরম পরেংদমক উৎলি।

## —থৌরম পরেং—

১বা :— হরাওবগী মতম লেপকনি। মহৌশানা চৎনরকপা থাগী মনুংদা (কালেন) অফবা নুমিৎ য়েংগনি।

২শুবা :- নোংমা লৈনা য়াথোকশঙ ১সুং খাংপোকশঙ শাগনি।

৩শুবা :- নোংমা লৈনা লৈরোয় হজ্ববু লৈ লাংনবা খোদাগনি।

৪শুবা :– ঈকৌনবা লাইপোৎশিং অমদি পোৎলমশিং শেম-শাদুনা থমগনি।

৫শুবা :— পেনানা লুপাকোনয়াই সনাকোনয়াই চন্দ্রিনৈদা ঈহৌগনি।

৬শুবা .– পেনা-ঈহৌরোল শকলিনৈদা মাইবনা সনাকোন-য়াই লুপাকোনয়াই থাদুনা য়াকৈবা হৌগনি।

৭শুবা :— ঈকৌগনি। মীয়াম্না পূং শেল, পেনা থৌগল তৌগনি। দোলাই অমস্তুং ফিরাল য়াওগনি।

৮শুবা : - খাংপোক কোনয়াই হুনগনি।

৯শুবা :— ঈকৌবদগী কারকপদা য়াথোকশঙদা নীংথিনা শেম শারবা মেনগী মথক্তা ফজনা শেম শারবা শামু খোঙপাক্তা ফমদেংগনি।

১০শুবা :-- অনম অহা কোক্লবা মৈবা চিংগনি মৈশেং থাদুনা মৈ ওক্কনি। মৈ অদু শাবুংদা লাই লোইবা ফাওবা মুৎতনা থমগনি।

১১শুবা :-- অনম অহা কোক্কনি।

১২শুবা :- শরেল লুক কৎকনি।

১৩শুবা : - লাইবুংথৌ মপানগী লুপাকোনয়াই সনাকোনয়াই হুনগনি।

১৪শুব :-- লৈরাংবনা লৈ কৎকনি (লাংগনি) মীয়াম্না ঈশৈ থৌগনগনি (লৈকৎলোন)।

১৫শুবা :—মাইবীনা জগোয় ওক্কনি।
১৬শুবা :—লৈরাংবনা জগোয় কৎকনি। মীয়াম ঈশৈ শক্কনি।
১৭শুবা :— খাংপোক জগোয় কৎকনি।
১৮শুবা :— শঙ্গায়দা লেঙশিনগনি। মীয়াম ঈশৈ থৌগনগনি।
১৯শুবা :- পেনা নাউথেমলোন থৌগনগনি।
২০শুবা :— পেনা নাউশুমলোন থৌগনগনি।

## — মথং অয়ুক্কী থৌরম পরেং —

১বা :— ঈহৌরোল নাওথেমলোন অমসুং য়াবৈবোল পেনানা শক্কনি।
২বা :— ঈরু ঈচাইথগনি ( মাইবনা )।
৩বা :— য়াথোকশঙদা লেঙথোক্কনি, মীযাম্না ঈশৈ শক্কনি।
৪বা :— লাইমাঙগী হৌনবী শুনা থেনগনি।
৫বা :— পেনা ফম্মাং থৌগন তৌগনি।
৬বা :— অথুম অহাও লৈশু লুকলেন কৎকনি।
৭বা :— মাইবনা লুকলেন লাউগনি।
৯বা :— মাইবীনা লাইবাউ চেনগনি।
৯বা :— লুকলেন কৎকনি।
১০বা :— মাইবনা লাই থুরুমগনি।

## —ন্নুংথিল –

১বা :— অযুক্কী শেংদোক্লগা অমুক হন্না ন্নুংথিলগী হৌনবী শুনা থেনগনি।

২বা :— হৈ লৈ লফোই লতংনচিংবা কৎকনি।

৩বা :— লাইথৌগী থোরম পূম্বা শুনা, থৌগল পোৎলোই পূম্বা শুনা থৌরাং তৌগনি।

৪বা :— হৌনবী পূম্বা শুনা থৌগল লাঙ্গল লাই পুবনচিংবা য়েৎওই কাযদনা পরেং লেংদুনা লৈগনি।

৫বা : - পেনাগা মাইবীগনা জগোয় ওক্কনি।

৬বা :— মাইবনা হোই শকোক লাউগনি।

৭বা : মাইবীনা লাইবৌ লা থাগনি।

৮বা :- পেনাগা মাইবীগনা লাই হৌগনি।

৯বা :— পেনা খোংবনা হোয়রৌ লাউগনি।

১০বা :- লাইবৌ জগোয় শাগনি মীয়াম ঈশৈ শক্কনি।

১১বা :— পান্থোইবা জগোয় শাগনি। মীয়াম ঈশৈ শক্কনি। ন্নাকোন লাউগনি।

১২বা :— লোং খোনগনি।

১৩বা :— মীয়াম্মা মাগী মাগী হৈজবা জগোয়নচিংবা কৎকনি।

১৪বা : — চোঙখোঙ নোয়গনি।

১৫বা :— লাইরেন মথেক চৎকনি।

১৬বা :— হোই শকোক হজিনগনি।

১৭বা :— শঙ্গায়দা লেঙশিনগনি।

১৮বা : - মাইবনা লুক কৎকনি।

১৯বা :— পেনা নাউশুমলোন থোৗগনগনি।

২০বা : হুমনিশুবা, মঙানিশুবা, তরেৎনিশুবা, মাপন্নিশুবা নুমিত্তা শবোই খাঙগনি। অতৈ থোৗরম পুম্বা চপমান্নবা চৎথগনি।

## —লাইরোই নুমিৎ—

লাইবোই নুমিত্তা নুমিৎ খুদিং চংথরিবা থোৗরম পবেংশিং অসিগী মথক্তা মখাগী হিবমশিং অসি চৎথগনি।

১বা :— লোৗয়ানগনি লোৗয়ান ঈশৈ শক্কনি

২বা :— ঙাপ্রুম তানগনি, ( থেঙ্গৌবোল চোংগনি )।

৩বা :— শঙ্গায়দা ঈশৈ যাওনা লেঙশিনগনি।

৪বা :— মাইবনা থেনলোন শৈশক্কনি।

৫বা :— পেনানা হোইরৌ হনজিনগনি।

৬বা :— চেংপাক, কবোক, হৈ, চবান, শরেল কৎকনি।

৭বা :— মাইবনা লাই তেশিনগনি।

## —নোংঙাল্লগা চৎথগদবা থোৗরম পবেং—

১বা :— মুক্লা লমজেন কৎকনি।

২বা :— মনা মথ্ম পীগনি।

৩বা :— ফমথৌ নিংথৌ ফমথিনগনি অমুম্না লাইগী থোৗগল লোইশিনগনি।

# ককচিং হরাওবগী তোপ তোপ্পা খরা

ককচিং হরাওবা হায়বসি মথক্তা উৎগ্রিংঙা লাই হরাওবা অমসুং ককচিং হরাওবগী থোরম পরেংদা উৎলিবা খর অসিনা ঈঙ্গিত ওইনা খর খর উহল্লবস্থ চপচানা মান্নদবা শকংকশিং অদুদি উক্তে। মরম অসিনা মতাং অসি ঐখোয়না চেকশিন্না নৈনফম থোকই।

## - ঈকৌবদা থেন্নবা মওং -

ঈকৌবসি ককচিং হরাওবগীদি ঈহাইফু অমত্তমক শীজিন্নে। তাইবংপানবগী মপু মানা পীবা মালেম অসিগী মহুৎ শিন্না মপুমাগী কাইদোংফম ওইনা লৌবা ঈহাইফু অসি ককচিং হরাওবা মতমদা অনী শীজিন্নদে। হীয়ী ফান্‌বগী মহুত্তা মাইবা মাইবীনা ঈশিংদা খ্বাং য়োনা কুমথরগা ঈকংপুনা লাই

ঈকৌগনি। মতাং অসি য়াম্না লুনা লৌনরকই। মমাংদৈঙদি চাউববা য়াইবুং অদুনা ঈকৌবগী মতম তাকপা ওইনা খুঙ্গং পূম্বা তাননবা য়ৈবম্মী। লোইবগা ঈকৌবা লোইবে তারবা য়াইবুং অদু অমুক য়ৈবম্মী। লাই ঈকৌম্বিদৈঙদা ইমুং মনুংগী কোল-লিক্তা লৈবা ঈশিং যাওবা লেঙবা শোকপা তৌহৈত্তে হাবদুনা তৌনরক্তে। ঈকৌরগা বাখৎলকপদা ঈহাইফদুনা খওইদা লেঙ-খৎলক্নি; কংফান য়ৌরগা অমুক খওইদগী কংযান্দা থেন্দুনা লৈরিবা দোলাইদা কাগনি। লাইবুং য়ৌরগা যাথোকশংদা লেঙশিনগনি। লাইনা শমুখোঙপাক্তা ফমদে লগা লাই হরাওগনি।

## —লাইচিং জগোয়দা থেন্নবা—

লাইচিং জগোয়দা খেন্নরিবা মতাং অসি খুৎথেক্কী মতাংদনি মরূ ওইনা হৌগৎলকপগী মতাংদনি।

## —ৱাকোল লাউবদা থেন্নবা—

লাইবৌ মপুঙ ফারকপা মতমদা ৱাকোল লাউগনি ৱাকোল লাউবনা ৱাকোল থাবা য়াদে; ৱাকোল ফাগনি।

## —চোঙথোঙ শান্নবদা থেন্নবা—

চোঙথোঙ শান্নবদা ঈহাইফুদু মাইবীনা লব্রাই কোই-রেলথক্তা পুদুনা হায়বদি লাইরেম্মা লাইনিংথৌ চপচানা লেঙথোক্লনা শান্নগনি। হাকথং থাং, থৌগন থাং য়াওনা থৌগনগনি।

## - ঙাপ্রুম তানবা -

মপুগী পাফল মথক্তা অইবংনা পোকপা, শিবা, হিংবগী লীলা শান্নরি। মসিদা তাইবং মপুনা মাগী লৈশেমথৈদা পোৎলম তরেৎ পীরকপা অমসুং মদুবু মপু মাগী শক্তি অহুম্না য়োমদুনা থম্বদু তশেংনা উংলি। পোৎলম তরেৎ পীবা লাই অমা, পোৎলম তরেৎ লৌশিন্দুনা পলেম পম্থোদা শিন্নবা লাই অমা অদুগা পোৎলম তরেৎ অসিবু অশিবগী থান্নাত্তা লংথ-নবা শেন্নরিবা লাই অমগা লাই অহুমগী 'কুম্মৈনি। মসিবু ঙাপ্রুম ( অঙৌবা ) তানবা হায়না শৈথারি। ঙাপ্রুম অঙৌবা মাবু পোৎলম তরেৎনা মহুৎশিল্লি। মতাং অসিদি তান্ত্রিক হিন্দু সম্প্রদায়শিংগী রাথলগী রাংলবা মীওয়েং অমা জগোয় ওইনা পুথোক্লনা উৎপনি। মসি মণিপুরগী লাই হরাওবা পুম্বদগী ইতোপ তোপপনি।

## —ঈকুম ঈকাবা, ঈকোবা – থেন্নবা থরা—

ঈকুম ঈকা অনীমক্তা কিরাম্না মাঙ থারগা থৌগল লাঙ্গল পুম্নমক য়াওদুনা পরেং অমক্তদা চৎকনি। ফজনা লৈতেংলবা লৈহুন তম্লবা দোলাইগা লোয়ননা চৎকনি।

ঈকোবদা মাইবা নগ্রগা মাইবীনা ঈকোবগী হৌনবী পুম্না তৌরগা ঈনুংবুংদা লুপকনি। মথুক্তা পায়রিবা ঈহাইফুগা লোয়ননা ঈনুংদগী ফাওরক্লগা ঈহাইফুদু খওই পুবদা হাপ্লুগনি। খওইদা হাপ্লবা তুংদা ঈহাইফুদগী লৈনা লৌরগা য়েৎ ওই কায়দনা নীংথিনা লৈতেংবা দোলাইদা ফমদেংগনি। মতাং অসি য়াম্না লুবা তাঞ্জানি। দোলাইরেংশিংনা ঈশিং খোঙবান্দা দোলাই অদু লৈবাক শোকহন্দনা চেক্‌শিন্না, খুৎপায় চানা পায়দুনা থৌগন তৌগনি।

দোলাইদা ফমদেংলবা তুংদা ঈকোবা মাইবা নত্রগা মাইবীনা ঈশিংদা অমুক কুমথগনি অদুগা খওইদা হান্না অহুমলক ঈশিং চাইথৎকনি। মতাং অসিদা ঈনুংবুংদগী লাই কাগ্রে। মতাং-সিদগীদি খূদোংননা লৈখা তাহন্দনা থেন্দুনা থম্লগা দোলাই অদু লেং তানা থাঙ্গত্তুনা পুরগনি।

ঈকুম্বা ঈকারকপা পুম্নমক অশৈবনা শৈজিংদুনা ময়াম্না থূবাক থূদুনা লাইগী শৈথারোল কয়া অরেপ্পা লৈতনা শক্কনি। লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীগী মতিক ময়াই পুংশেল পেনা য়াওনা থৌগনগনি।

## —লৈহুন তম্বা—থেন্নবা থর—

খওই পুবনা পুরিবা ঈহাইফূ অদু হন্নাওবুংগী য়াথোক-শঙদ। নোংথিনা লৈতেংহুনা লৈরিবা ফম্বাল আসন্দা হৌনবা কায়দনা লৈহুন তমলিবা অদুগী মনাক্তা য়েৎওইননা থমগনি। অমুন্না থম্বসি লাইহৌদগী লাইরোই কাওবা চৎথগনি।

লৈয়োমদি কায়বা য়াদে অদুগা লৈহুনদি মুমিৎ খুদিং অনৌবা তমগনি। হায়বদি ঈকৌফুগী লৈয়োম নত্তনা লৈহুন-দগীনা লাইমাঙদা থেনবা খুদিংমক অয়ুক মুংথিল খুদিংগী মুমিৎ খুদিং অনৌবা লৈনা হোংগনি।

ইবুংঙো ইবেম্মগী শকথোং ওইরিবা শাঙ্গৈ শেংবা অদুদি লাইশংদা লাইপানরিবা নত্তনা খুৎথেংননা অতোপ্পা মীনা সেবা তৌবা য়াদে। অতোপ্পা মাইবা মাইবীনা সেবা চঙবদা লঙজবা ওইনা লৌনরকই, চৎনরক্তে। মপানথোংগী লৈহুন অমদি কোমায়নচিংবা কয়াবুদি খুৎথেংননা মাইবা মাইবী খুদিংনা সেবা থৌগল অদুম মতৌবা য়াই।

## —চোঙথোঙ নোয়বা থেন্নবা থর—

চোংথোঙ নোয়বা অমদি লাইরেল মথেক শান্নবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক লেঙথোক্নুনা শান্নৈ; হায়বদি

মাইবীনা ঈহাইফুত্ত কোকথোং পুড়ুনা খ্বাইগী মাঙ থানা লমজিংড়ুনা শাগ্নে। চোঙখোঙ ফুক্কে।

মথক্তা পল্লিবা অসিতা নত্তুনা অকুপ অকুপপা থৌরমদা খেন্নবা কয়ামুক লৈবদগী ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী ককচিং লাই হয়াওবদা মীয়মগী মাইবী হিরম থরদা চাউচৎ ওইনা য়াওরবস্থু মম্নুং হুজিন্না থক য়াওরক্কে। মসিগী মরমদি মীয়মগী মাইবীশিংনা ঈকৌবা, লৈয়োম, লৈহুন, লাইচিং পুন্নমক তোপ তোপনা তম্ফম থোকপা ; অদুগীস্থু মথক্তা কোম্থারোল, লাইবৌ অমস্থুং য়াকোম্নচিংবদস্থু খেন্নবা থর থর লৈয়কপা অসিননি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা লাইরোইদা য়াওরিবা ঙাপ্রুম তানবা হায়বসিগু অমুক ইতোপ তোপনা তম্বা তারম্মী। খেন্নবা পুন্নমক অসিমক্ত ককচিং হয়াওবা মতোম্মতা লেপচয়কপনি অদুগা নৈননিঙাইস্থু ওইহৌরগদরিবনি।

# পাউশা ঈশৈশংখন্ন

পাউশা ঈশৈশিংদা হৌগ্রবা ইতিহাসকী চৈথেংগী ৱারী কয়া লোক্তুনা থম্মীরম্মী। মতাং অসিদা ককচিং হরাওবগীমু মশাগী তোপ তোপপা পাউশা ঈশৈ য়ামনা লৈ। ৱাখল লৌবা মুংঙাইনবা খরদি মখাগী পাউশা ঈশৈশিং অসিনি—

(১) পাৎয়ায় খায়না হিহোনবা, নিংথৌ কনাগী
হিনো হংনিংই, মোইরাংঙম্বা হিনি,
মোইরাং হিদামবগী হোম্ববু হিনিদা দে!

(২) শোবারেনগী লৈপাক্তা মপুগী থম্বৌ
তোম্নিংথৌ লৈফাওরে, থম্বৌ তাঙ্গ খুদিংদা
সনাগী থম্বাল অঙাংবা লৈশাংলে দে!

(৩) ঈরিল লাইগী মরুদৈ খোইনৌ কনাগী
লৈরাংনো তাউথরে, এখোয় নহারোল
য়াম্মিদা, খোয়নৌ লোয়নরকপগী
লৈরাংনি খুনজেমসে দে!

(৪) ব্রজ মাইমু ইবেম্মা, শঙ্গায মাপল
ফাংবদা ফিরোল্লি পামজরবা ইবুংঙো
পাখণ্ড খাদ নানৌবা, কৈগোয নাবি
শানা, মতোন পেক্রক শানবু লোনবিগে।

(৫) চাংয়াদবু শলহোইবা, নিংথৌ কনাগী
শন্নো হংনিংই নবেম্মা ইংখোল তনৌবী
শোকনি, শোক্লোইদবা মুপীনি, নথংগী
চৈবুল পায়দুনা শল খোমমি চীথ
খোম্বা ইবুংঙো গঙ্গা তীর্থ চংবৈদ,
থাবম্ববু শন্নিদা !

মতৌ অম্বম্মা পাউশা ঈশৈ কয়ামুক শরু শোন্নরি শৈশকশিং অসিগী মখুংদা ইতিহাসকী চৈথেং ফংখিবগী ৱাৰী বয়া লোত্তুনা লৈবমগনি হায়বসি হায়নীংই।

# লাইনুংথৌ মাপল

ইবুধৌ খম্নাবা মতিক ময়াই লৈবা লাইনিংথৌনি। মাগী মথেৎ ময়াইদি থাবদা হৌরক্লি। থিংজনবা কনবা হাবোংলাশংগী থোংনাগী মতুংইন্না মাগী মগুন নো মা নো মগী চেনগৎলক্কনা। ইবুধৌ অসি মাগী শাযোনফম্ ওইবা বককচিংনা খমাংবদা হয়। লংজেনবদুগা থাবগা লাইনুংথৌ মাপলনা থোংগন্দুনা লাংজেন মথং মথং শান্নরি। লাংজেন পুন্নমক অসি চংস ববকচিংদা উমংলাই মাপল ওইনা খুবম লৈ। লাংজেনশিং অদুদি :—

(১) খুমেন খম্নাংবা

(২) ব্রাইরি খম্নাংবা ( অমুদোন )

(৩) ইকম নিংথৌ

(৪) শেকমাই নিংথৌ

(৫) নাওহল

(৬) খোয়রিফাবা

(৭) অহো নিংথৌ পুথিবা

(৮) ইথক নিংথৌ অমস্নুং

(৯) ময়াংঙম্বা ; অসিনি।

মথক্তা শীংখাৱিবা লাইনিংথৌশিং অসিগী মাগী মাগী লাংওন লীলা তোঙান তোঙান শান্নে। অদুগা লাই হরাওবগী মওংদি অমত্তা ওইদুনা ককচিং হরাওবগী পরিংদা চংথৈ। "ককচিং হরাওবা" হায়রবদি খম্লাংবা ইবুংঙো হরাওবগী পরিং অদুনি। অদুমকপু খম্লাংবা ইবুংঙো মাগী লাংওনশিংনা মাগী মতিক মগুন হাপকৎপনিনা লাংওন শুনা খঙবা চুমই। তৌইগুম্বস্নং মতাং অসিদদি থেললোন মতেক অমমমতং পল্লগা কোম্না থিজিন্নবা ওইনা থমলে।

## খম্লাংবা

(থেল্লোন মতেক অমা)

কোকলেন মরু ওইবা, অঙাল য়াই মরু ওইবা।
কোকলেন য়াইফবা, লাংগোই শয়াং থক্তা।
লাংগোই নপ্না ফমদেংবা, খোঙনেৎ খোঙদা লাইনিংথৌ।
সয়াং পাঞ্জুম্বা। চিরোং মুমিৎ কোয়েৎনি।
থাজ চিরোং তোলোকনি, শজিক থাবা ৱাম্ফরি।
অপাল অরাং ফুরিৎনি, মায়কৈ মায়কৈনা চরৈনি।
কারল কারলনা নৈতেংনি, ওইনা চুপলি চেৎনা পায়।
য়েৎনা কাংজৈ কাংক্রম, খুদুম চেৎনা পায়।
খম্নুং পোং পনঙাক্লিবা, তাইবং পোং পঞ্জেল্লিবা।
পনঙাক পঞ্জেল লাইনিংথৌ, নিংবা নিংবা পঙ্গানি।

## রাইরি থম্লাংবা অমুখোন

( থেনলোন মতেক অমা )

থমমুং পোংনা পানগুমদে, তাইবং পোংনা থিঙমদে।
লাংগোই খোঙকাপ অমনা, মায়কৈ কারল কিশিনি।
লাংগোই খোঙকাপ অমনা, মায়কৈ মরু কোল্লিবা।
লাইনিংথৌ মিস্না থম্বাল অনীদা, মায়কৈ ওইনা
কাইরাংলি ............ ।

## ইরুম নিংথৌ

(থেনলোন মতেক অমা )

লাইনিংথৌ ইরুম নিংথৌ, খোই য়োইমোংবা।
লোইমনাই খুন্দা অহানবা। তুবি কনানা তুদোৗদরিঙৈদা।
তুদোৗরকপা। লাইরেল কনানা খোঙদোৗদরিঙৈদা।
লাইরেল খোংদোৗরকপা খোঙদেংলকপা।
হৈরাং পুংমথক্তা পুংমথোনবা।
খুঞ্জাল থেম্মথক্তা থেম্মথোনবা ............... ।

## শেকমাই নিংথৌ

( থেনলোন মতেক অম )

শেকমাই নিংথৌ য়োইমোংবা, চৌংহৈ তমহৈবা।
মোকতোক চৗয়াং খায়না, লাইজ ঈথারকপা।
তুবি চিরেল পাংমনা, কাঙোই থুনশেম্বা।

তুবি চিরেন পাংমনা মহা খুনশেম্বা !
পাইমম্নুংগী ননিংশানা, মৈরি অরাবা ওইরিবা ।
তুবি চিনা ঋাংবা লাইরেন লুনা নেম্বা ··· ··· ।

## নাওহল লাই

( থেনলোন মতেক অমা )

লিনবান য়োইনাওহল, নাওহল অহনবা ।
হৈরি লীশীং নেম্বা, খোইজিং চাইবা ।
থৌমাই মোংজেৎ ঙম্বা, হৈরেল চঙৌবা ।
খোইজিং লুপাংববু কাইনহুনবা, হৈরেম খুঞ্জান ঙম্বা ।
ঙাংখ খুনথিন চাইবা, তোন্দে তেব্রাই অকু অতেকপা...

## খোয়রিফাবা

( থেনলোন মতেক অমা )

লাইনিংথৌ ইবুংঙো ইবেম্মা, সোরারেনগী মপারি ।
খোয়রি থাওম্নবা লাইনিংথৌ । পম্থোবু কাঙজৈ কাঙহু পায়ন
খোঙ্গুল লীরকপা লাইনিংথৌ । থাংজেৎ নামনা,
কোরৌ চুমথাংখাম্ন থাংজেৎনরিবা । থাংজেৎ ফিজি নাম্মনা
মালেম থাংজেৎনরিবা । লাইনিংথৌ লুরাংগুরু পুনশিবগী,
হিরু তেংমাই লেপপা............ ।

## অহোংনিংথৌ

( থেনলোন মতেক অমা )

লাইনিংথৌ ইবুংঙো ইবেম্মা, পুথি নিংথৌ ইনিংথৌ।
তাইবং সোরারেন অপান নিংথৌ, অহোং নিংথৌ অসুপ্প।
লিকলম য়েংনা খুন্দাবা, কাঙলম য়েংনা খুল্লিংবা।
লাইনিংথৌ অরাই অচান নাইদবা............ ।

## ঈথক নিংথৌ

( থেনলোন মতেক অমা )

শরৎ নিংথৌ অপানবা, তুবি লাইরেল পাথংবা।
তুবি লুনা রাংবা, তুবি ননিংশানা মৈবুল থানবা।
খোয়য়ুম লাইনিংথৌ, নতু তুবুম খুদিংদা।
লুপানা কোঙ্গোল থিল্লিবা। নয়া য়ারক খুদিংনা।
সনানা হাজং য়ৈরিবা, লুপাগী খুরুম তোংবা।
য়োৎকী চৈসু শুবা, লাইনিংথৌ ............ ।

## ময়াংঙম্বা

( থেনলোন মতেক অমা )

ময়াংঙম্বা ইবুথৌ, শম্থোং পুংমায় লেপপা।
হুয়েল লাল্লাও অথৌবা, হুয়েল শামাং লেপপা
হুয়েল শানীং থৌবা............ ।

# অনৌবা খোঙথাং

মণিপুর জাতিগীদমক থাঙ্গৈশেংনমক উমংলাইগী লাইথৌ থৌরমনা জাতি অসিগী অমত্তা ঙাইরবা থ্বাইদগী অথোইবা মৈহৌরোল তাকপা সংস্কৃতিগী থাক উৎলিবা অসিগুম্না উৎপা ঙম্বা অতৈ থৌরম অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা উমংলাই হরাওবা হায়বসি মণিপুরগীদি তৎনথানবা য়াত্রবা চীংতম পুম্নমক্কী থৌপাঙ থৌরম ওইরিবনি।

মসিবু 'ময়েক লানা উবদগী অখঙ অহৈ খিবিকনা হিরম অশোমদা নৈনরকপদা মৈত্রবাক্ত মৈহৌরোন্দগী লৈরকপা ফুরুপ অমা ওইনা তঙাই ফদনা করিগুম্বা খরদি নৈনদুনা পুথোকফম থোকই খন্দুনা মাজবনি। মাজবা ফাওবদা য়াই য়াদে ইতিক ইপা চাই চাদে খঙজরুদে।

ভারতনা নীংখা তম্বগা লোয়ননা ভারতকী মচি ময়া পুম্বদা লৈবা খুঙ্গংশিং ফাওবনা মাগী মাগী ওরিজিনগী ওইবা কস্তুম অমদি লাইনিং লাইশোন্নচিংবা হিরম খুদিংদা থিজিন্নরি। চাংখেৎ থৌরাং কয়াগী মরক্তা সংস্কৃতিগী লমজেলসিনা ভারতপু অমত্তা ওইনা চেৎনা পুনশিনবা হৌরকলি। মসিগা লোয়না লোয়ননা সংস্কৃতিগী অনৌবা লৈচন কয়া মথং মথং হাপকৎলক্লি।

জাতিগী ইতিহসতা ঈথিন কয়ানা যুগ যুগতা মচোই মচোই তাহনবা তত্তনা থোকই। অদুবু জাতি অদুগী মীশিংনা জ্ঞানগী মীকপ থোক্লক্লগা অমুক হন্না লিংজেল মান্নবগী ব্রাখল পোক্লকই। মতম অদুদা জাতি অদুনা পুন্না চাওখৎলি। অসিগুম্বা সভ্যতাগী চাওখৎপা মীৎয়েংনা ভারতকী লৈমায়দা নীংতম্বা তুংদা নেংনা খোঙদাবক্লবদা ভারতকী মমল য়াম্লবা সংস্কৃতিগী শরোন কয়া মথং মথং চাওখৎলকখি। মণিপুরগীসু মদু মঙাই সংস্কৃতিগী কল্লবা ঈহৌনা মথুম মরাং হৌহল্লকখি। অসিগুম্ব তাঞ্জাদা মণিপুর সংস্কৃতিগী নাচোম লৈচন্ ওইনা "ককচিংসু" শরুক য়ানবা থৌরাং তৌরক্লি।

অহানবা জবহারলাল নেহরু ডান্স একাদমী হোলদা ফেস্তি-ভেল ওফ আর্টসকী সভা অমা ইং ১৯৭১ গী ওক্টোবর থাগী তাং ২৪দগী ৩০ ফওবা ফমখি। সভা অসি মোইরাং হরাওবা, কংলৈ হরাওবা অমসুং চকপা ফয়েং হরাওবা হায়বা হিরমশিংদা চেক-শিন্না নৈনবা শীল্লখী। সুমিৎ তরেৎনিগী সভা অসিগী ভাবক

ওইনবগী খুদোংচাবদ্র মাঙজোননা ফংজবদগী য়াম্না চেকশিন্না য়াওজখি। ককচিং হরাওবা হায়বা অমা মণিপুর পুম্বগী হরাওবগা খেন্ননা লৈরিবসিনা মাগী খুদা ফংদবদুদা পুক্নীংদা বরিনো হায়বা রাখলগা লোয়নননা অসিগুম্বা সভা অসিমক্তা "ককচিং" হায়বা লাইরিক মচা অমা পুথোক্লুনা। গুন লৈরবা মতিকচাবা ভাবকশিংদা খুদোল তৌননবা হোৎনখি।

মথংদা অমুক ইং ১৯৭৩ দা মণিপুর স্টেট কলা একাদমীনা শীন্দনা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমী হোলদা মণিপুর লাই হরাওবা ফেষ্টিভেল অমা তাং ১৯/১০/৭০ ইংদগী তাং ২২/১০/৭৩ ইং ফাওবা তৌখিবা অদুদা ককচিং হরাওবা মপুং যানা উৎখি। খোঙফম অসিদগী হৌদুনা মনিপুরদা হান্নবা মশক খঙদ উদনা লৈরম্নবা ককচিং হরাওববু মণিপুরগী পণ্ডিতশিংনা শক খঙবীবা হৌখি।

মথংদা অমুক ইং কুমজা ১৯৭৫ দা মণিপুর স্টেট কলা একাদমীনা শীন্দুনা ককচিং হায় স্কুলদা ফোল্ক আর্টস ফেষ্টিভেল তাং ২৫/৯/৭৫ ইংদগী তাং ১/১০/৭৫ ইং ফাওবা পাঙথোকখি। খোঙফম অসিদদি "ককচিং" হরাওবা শো পীবতা নত্তনা ককচিংগী মীওই মঙাদগী তেপ রেকোর্ড লৌবীদুনা লমদম অসিগী মরমদা হেন্না কুপ্না খঙজিন্নবগী থিজিনবীবা হৌখি।

তেপ রেকোর্ডকী ইন্টর্ভিউদা তোঙাল তোঙাল নৈনবগী বিষয়গী মন্নুংদা ইশাগীদি মরূ ওইনা "ককচিং হরাওবা" গী

মরমদা থুংবীখি ইন্টর্ভিউনা শ্রীনীলকান্ত সিংহ সেক্রেটরি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা লৌবীখি। রাহং পাউখুমগী চাউরাকপা মওংদি খম্লাংবা অমম্বুং মাগী লাইশক লাইরোন থিবগী মরমদনি। খম্লাংববু বিষ্ণুনি হায়বা রারীদগী হরাওবগী থৌরমগী মতাং য়েৌনা মতেক মতেক নৈনৈ।

রাহং :— খম্লাংবা করিনি হায়না খনবীবগে ?

পাউখুম :— খম্লাংবা বিষ্ণুনি। ইবুংঙো মহাক লাই অহুমগী মতমগীনি। লাইথাং অহুম লোঙই অমম্বুং হরাওবগী থৌরম লোইরকপদা ঙাপ্রুম তানবদা লাই অহুমনা শাম্নরি।

রাহং :— খম্লাংবা হরাওবগী মরমদা করি করি ?

পাউখুম :— ককচিং হরাওবা অতৈদগী খর খর তোপই। হরাওবগী ঈকৌবদা ককচিংগীদি মাইবা নম্রগা মাইবীনা ঈরোম্নুংদা লুপ্লগা কৌই ; হিরি ফান্দে, ঈকৌফুস্থু অমত্তুনি অনী কৌদে ; লৈহুন ৯, ৯, ৭ নি। লৈহুন খুদিং তোঙান তোঙান লেঙদনা শোক্লদনা ফমদেংগনি। লাইবৌ মপুং ফারকপদা রাকোল লাউগনি। রাকোল ফাগনি, রাকোল থাদে। চোংখোং শাম্নবদা ইবুংঙো ইবেম্মা মাইবা মাইবীনা কোন্নথোং পুদুনা লেঙথোক্লগা শাম্নগনি। লাইরোইদা ঙাপ্রুম তানবা হায়বা য়াম্না কুপলবা থৌরম অসি পাঙথোক্কনি।

রাহং :— হরাওবদা মাইবা মাইবী লাই তোংদুনা ঙাওবসি করি খনবীবগে ?

পাউথুম :— উমংলাই মশক উদনা হিংলি হায়বসি এৗগী থাজজবনি।

অসুম্না শান্নবা ৱারীশিংগী মমুংদা লাই নোঙ্গাবা লাই তেশিনবগী মরম অমসুং তেশিনবা লাইবু মথং চহিদা ঈকৌবগী মরম য়াম্না কুপ্না নৈনখি। মখাতানা লীনখি মতুদি — ককচিং লাই হবাওবদা মণিপুরগী মহারাজ ফাওবা চঙহন্দনা চহি কয়া চৎথরকই। মতুগী মওংদি খুন নামুংবা লাই তানবা অমসুং লাইশা তানবা হায়না মিং থোন্দুনা সেনা হঞ্জবনা শাফি লানফি শেন্দুনা শগোল তোংলগা খুনগী অকোয়বদা মীতোপ চঙদনবা ঙাকই। মহাক মতিক চানা খুংশু খুৎলাই পায়। মতুংদা অকল অথৌ মীওই ২০/৩০ রোম ইল্লি। মখোয়না লাই হরাওবা লোইদ্রিবা ফাওবা খুনগী অকোয়বদা শগোল তোংদুনা ঙাকই। মসিবু নামুংবা, লাই তানবা অমসুং লাইশা তানবা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা থৌদৌশিং অসি মীরমগী সভ্যতা অমসুং ধর্ম্মগী ঈহৌবু থিংননবা হোৎনখিবগী ওইগনি খল্লি।

মতৌ অসুম্না চৎথরকপা লাই হরাওবসি জপান লানগী মতুংদা মহারাজ চুড়াচান্দগী য়াহাক্তক্তা নিংথৌনা ককচিং হরাওবদা পূরীং চঙখিবা মতমদগী ককচিং হরাওববু কংলৈ হরাওবনা নমহন্দুনা লাকই। মপুং ওইবা থৌরমদা হোংহনবা ঙমদ্রবসু মতৌ অসুম্না অশেংবা ককচিং হরাওবদি কংলৈগা য়ানশিন্নখি।

মরী লোইবগা লোয়ননা অতৈ পণ্ডিতশিংগী তেপ রেকোর্ড লৌবা অমুক মখা চৎথখি। তেপ রেকোর্ড লৌবীখিবা পণ্ডিতশিংদি ১। শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ স্নাকোম্নুং পণ্ডিত অচৌবা; (লাইরোলগী মরমদা); ২। শ্রীনোংমাইথেম যাদব সিংহ (মণিপুরী নট সংস্কৃতনগী মরমদা); ৩। শ্রীথোকচোম শ্যামো সিংহ (মণিপুর লাইরিক থীবা হায়বগী মরমদা) অমস্তুং ৪। শ্রীশোগাইজম গৌরহরি সিংহ (ককচিংগী লান মমাং অমস্তুং মতুংগী সমাজিক অবস্থাগী মরমদ) নি।

ঐঙোন্দা পীবীরিবা অসিগুম্বা উমং লাইগা মরী লৈনবা লুরবা হিরম অসিদা করিস্নু লৈজদবা ঐনা খুৎ থাজকবদি অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিংনা ককচিং খম্নাংবা করিনো থিগৎলকপদা মতেং ওইগদ্রা হায়না খঞ্জবদগীনি। মখা তারকপদা বিজ্ঞানগী ওইবা মীৎয়েং অমস্তুং নীংথিজরবা সংস্কৃতিনা ঈরোম্নংদা লোত্তুনা লৈহৌরিবা উমংলাই হরাওবগী ইতোপ তোপপা মওং "ককচিং হরাওবা" হায়বসি হেন্না চেকশিন্না থিজিনবীনবা অখণ্ড অহৈ পুন্নমক্কী মফমদা ইখুৎ তরা লোম্নজরি।

নৈনজরিবা বিষয় অসিগা মরী লৈননা ঐগী মতেং পাংবীখিবা অহল লমন ওঝাশিংদি শ্রীনাওরেম থম্বৌ সিংহ (লাইওইগ্রবা) মাইরি খম্নাংবা লাইশংবা, শ্রীময়াংলম্বম শঙ্গোন সিংহ, খুলেন খম্নাংবা লাইশংবা, শ্রীনাওরেম চাউফন সিংহ, নাওহল্লাই লাই-

শংবা অহুম অসিনি। য়াম্না কুপ্না হেন্না চেকশিন্না তেংবাংবীবনা ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ, শ্রীয়েন্দ্রেম্বম নীল সিংহ, শ্রীক্ষেত্রিময়ুম তোঞ্জাও সিংহ অমস্তুং য়েংখোম নীলমনি নি। ওঝাশিং অসিগী মতেং নত্তনা অসিগুম্বা অরুবা বিষয় অসি ঐহাক্না পায়খত্তূনা অখণ্ড অহৈ কয়াগী মাঙদা পুথোকপা ঙমজবগী ইতিক লৈজদে। ওঝাশিংনা তাকপীবদদি নৈনরিবসিগী মথক্তা অমুক লাইথো পাঙথোকপগী পরিংদা চৎথগদবা অকুপপা ময়োলস্তু য়াওই; অদুবু মদু য়াম্না চাউবা থবক ওইবনা তোপনা নৈনফম থোকই খন্দুনা লাইরিক অসিদা নৈনজদ্রে।

## লোইরবা

## শ্রীকুঞ্জো সিংহ পব্লিকেসনগী লাইরিকশিং

১। ককচিং (১৯৭১)

পুথ্রম্নম ভরত মৈতৈ।

২। ইজনীংই পরেং অমত্তং কবিতাগী (১৯৭২)

শ্রীপুথ্রম্নম কুঞ্জো সিংহ।

৩। ককচিংগী থরদং (১৯৭৬)

শ্রীমোইবাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ।

৪। ককচিং খুঙ্গোকলোন (১৯৭৬)

ময়াংলম্নম তোম্বা মৈতৈ।